# LEIRON CHANKHRABA THAJABA

a Collection of Manipuri poems
by L. Ibemhal Devi



অহানবা ফোঙবা ২১ জুন, ১৯৯৩

মশীং : ৬০০

ফংফম থোকপা : অইবী

অফোঙবা : এল, মনিনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙদোকপা।

মখুম : খিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম।

নমফম : আর, বি, প্রিন্টিং হাউস নাগামপাল।

ঊনম শাবা : মঙ্গি অমস্তুং মচানুপাসিং, এলাংবম লৈকায়।

অমল : লুপা ২০/-

পুন্সিবু থৌনা ফনা

মায়োক্লরিবা মথোংয়দা

থাজরুদে, থাজদবতনা থোনগৎলবা য়ুমফমদা লেপলিবা পুন্সিসিদা অসিগুম্বা শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোকপা ঙমলক্কনি হায়বসি। অতুবু মরুপ মপাংশিংগী মতেংদগী লাইরিকসিমদি মীয়ামদা শিন্নজবা ঙমজরে। অহানবনি, ইঙাও ঙাওই। সাইন্সকি মঙলান্দা য়াতারুবা পুন্সিসি সাহিত্যগী তাইবঙদা মীৎকপ থোকলকপনি। মীৎকপ থোক্লবা হৌদোকপিথিবনা মরুপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমনি। অতুমকপু পাক-শন্না উবদি ঙমজদ্রি, ঙাকপীগনি, মুংশিবীগনি।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনরকপদা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া ( শৈরেংশিংদা ) পীবীরকখিবা ওজা ডাঃ আই, এসঃ কাঙজম, তামো দিলিপ ময়েংবম অমদি মরুপ খোলচন্দ্র তথোকপমবু তৌবীমল থঙবা উৎচরি। অমরোমদা লম কয়াদা মতেং পীবীখিবা মরুপ লনচেনবা মীতৈ অমদি ওজা রাজেন সরাংথেম অনীবুস্মু করমনা কাউকনি। লোয়নবা লাইরিক অসিবু এম, এল, এস, পব্লিকেসন কমিটিগী মখাদা ফোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক্তা পব্লিকেসন কমিটিগী মেম্বরশিং অমদি লাইরিক্কী মখুম য়েকপীরকপা মরুপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমবুস্মু পুন্সিগী কাউজরোই।

অরোইবদা অচিনবা কয়াবু তুংওইনরগা অথুবা মতমদা থব্বায় য়াওনা হোৎনবীতুনা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙম-হনবীবগীদমক প্রেসকি ইচিন ইনাউশিংবুস্মু থাগৎচরি।

জুন, ১৯৯৩ **ইবেমহল**

# ৱাহৈ খরঙ্গং

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি পব্লিকেসনননা খৃঃ ১৯৮৬ তগী হৌনা চেফোঙ অমদি লাইব্রিক কয়া পুথোক্নুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরকলি। লমদমসিগী মীয়ামগীদমক অফবা সাহিত্য মশীং য়াম্না পুথোকপা হায়বসি সোসাইটি অসিগী পান্দমনি। পান্দম অসিগী মথাদা সোসাইটি অসিনা ৱারীমচাগী লাইরিক অহুম, শৈরেংগী লাইরিক অহুম পুথোকখ্রে।

হন্দক ডাঃ লাইরেলাকপম ইবেমহল দেবীগী শৈরেং লাইবিক লৈরোন চনথবা থাজবা হায়বসি সোসাইটি অসিগী তরেংশুবা খুদোল ওইনা পুথোকচবনি। অইবীনা ফোঙ-দোকনিংলিবা ৱাফম পূম্বা অচম্বা লোনদা ফোঙদোক্লগম্সু শৈরেংগী ওইবা মহাওদি অহুমক পীবা ঙম্মী। লাইরিক অসিন্ মনিপুবী সাহিত্যগী পুক্কৈদা চাপচিন্দুনা অক ফম্বা নৈনবিনবগীদমক মীয়ামদা শিন্নজরি।

অথোকপম খোলচন্দ্র
জেনেরেল সেক্রেটরি
মনিপুরি লিটরেরী সোসাইটি ইম্ফাল.

## য়াওরিবা শৈরেংশিং

## মান্নবা

চাংয়েংশঙদা পুসিন্দুনা
য়েংলুই ঐনা থম্মোয় কয়া
লেন্থৎতুনা মচেৎ-মচেৎ,
থিরুই
অপাম্বনা কদাইদা লৈ
ষ্মুংশিবনা কদোমদা লোৎলি.
অমুকস্থু য়েংলুই
মচী খুদিং
হুমতুনা-মাতুনা
য়াওরিবরা কল্লকপা-মীংহৌবা,
মফম লৈবরা যেংথীবগী
তুক্কৎচবগী,
হিংচা য়াইতম্বগী
নত্রগা,
কদাইদনো পিগী হৌরকফম
থোৎ নৌরবা

মিন্নুংশিগী ইতুংফম

উদে করিস্নু, থেংনদে অমত্তুস্নু

অত্থবু

মান্নরম্মী চেল্লম্বা ঈগী মচুতদি

নওগীস্নু, মাগীস্নু, মখোয়গীস্নু।

৮ অগষ্ট, ১৯৯১

লৈরোন চনগ্রবা থাজবা ২

## লৈকংলা

নীবম্লবদি নঙনা
মফম অমংং নঙগী থম্মোযন্নুংদা
ইবোল ইবাল তাল্লবা ঐগী
শীংনবমগদবনি ঈশ্বব ফাওবা
থৌনা লৈনা।
খঙলম্লবদি নঙনা
ঐগী তাঙ্গোই ওল্লবা পুন্সিসিগী অর্থ
শীন্থবমলোই কৈদৌন্নুংদা অনোবা পি
ঈচেল কংলুববা মীৎলুদগী।
অহুবু,
খঙলকলে ঙসিদি
লৈকংলা হাযবনিদি লৈকংলানি।
১৪ নবেম্বব, ১৯৯১

# চুমথাঙ উরুবদা

হীক্লবা তেংথাখোল মরক্তা
লেপ্পুনা চেম্থরম্বা ইঙেলগী পিরীক্লা
খঙহৌদনা লেপখিবা মীকুপতুদা
উখি,
পনখৈ নাইদ্রবা ঈপাকসিগী
মিংশেলগুম লংলবা মায়থোঙদা
তক্ক তক্কবা চুমথাঙ অমা,
মকা লামখি থম্মোয়সে
পায়হুনা শান্ননিংখি ঈখূৎসিনা,
চঙসিন্দুনা শোকলুই পামজনা
তপ্পা, য়াম্না তপ্পা।
হৌরকখি খঙহৌদনা ঈথক-ঈপোম
পামজবা শক্তমতু
মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইবিখি
অতুগা নমতুনা পুবিখি নীঙায়ক্লদনা
পোল্লবা মনমশিংদা থোনপৎলপা।

লৈরোন চনথ্রবা থাজবা ৪

অচুবু,

মাগী শক্তমচুনা শুমহৎখ্রবী ঐদি
অসুম অসুম লুপথবকখি

লুববা ঈবোম্নু সিদা।

৬ অগষ্ট, ১৯৯.

# অচুম্বা

অশিববু কাউববা মীহাৎপতুনা
হাৎখি মীহাৎ থীন-থীন
মবাল লৈজদ্রবা পুন্সি কযা কযা,
অতুগা লাউখি
মখৌ পোঙন-পোঙন
ৱাযেনবতু ঐনি
অচুম্বা হাযবতু ঐনি
মীহাৎপতু লান্দে
মবমদি
হৌজিকস্তু খুত্তুম চেৎনা পাযবি
মহাক্কী মখুত্তা
মীহাৎ খুৎলায।

২২ মে, ১৯৯১

# মঙালহুদা

খোঙ খুৎ পুম্বা
লেঙ শুৎত
তুমপক তাশীন
মঙালগী মশক উদনা
লৈবকপনি ঐ
থোঙ-থোঙনাও পুম্বা
চেৎনা লোনসিনবীগ্রবা কাসিগী
শুগ্র মমলবা কাচিন অমদা।
অহুবু,
খঙহৌদনা লীৎসিল্লকই
পীল্লবা মখুল অমদা
শিথববা মঙালগী মশেক অম্নং
উবমগুদা খোযদাকই মৈবানবীগুম
তথক তথকপা মাবু।
পুমঙাও ঙাওববা পুকনিংন
খল্লুই ফাজিল্লগে মাবু

মতন চুম্লগী ওইনা
অতুগা পুল্লগে ফিজিদা চেংনা।

অতুবু,
ফাবগে হোৎনকবা খুংসিদগী
খঙহৌদনা নাংস্থাকখি
কবেম্লবগুম ঐবু।

১ নবেম্বর, ১৯৯১

# পামজবা অমতং

অবানববু পামলুবদি নত্তে

অতুবু

অচুম্ববুস্ত কিজৈ

মথমদি

ঙম্নমক মীওইবনা শেম্বা ঙাক্তনি।

অতুনা

খুংসেম যাওদ্রবা

অচম-অবান অনীগী

লংদাই ওইবিবা মঙলানসিদা

অস্মনক ঙাওজবতুনি পামজবিনা।

৬ অগষ্ট, ১৯৯১

## খ্বাংচেৎ শেৎকংপিয়ু ইমা

হাযনৈ ঙন্নমক্কা

মুপীদি পাঙ্গল শোনবীনি,

অহুবু ইমা

হায়নীংদে নঙবুদি অস্মন্না,

কনান খঙদবগে

নঙগী যৌনা লিংজেল ?

খুম্মুনে,

নিংথমগী উললেন

কালেনগী মৈশা

মাখোয়না নঙবু মায়থীবা পীখিববনে ?

ঐ হওড়ি,

নঙোংনা মায় পাকখিবনি

মায় পাকপগী লম্বেলদত চংখিবা নঙবু

করম হায়কনি

পাঙ্গল শোনবীনি।

মুশি মুশিরব পোদোনগী মঙালদা

নৈরোন চনগ্রবা থাজনা ১০

ক্ষিবু উদবা লৈখিবগে নঙনা,
মঙালহুদা শাগংখিব নংতনা
পুন্সি কষাগী শক্তম
মঙলাক্লখিববনে মীকুপ অমতং
লম্মুরববীগী শক্তম লৌহুনা।
কবম্না শ্নীংথাক্লনি
নঙগী নোইনাইদ্রবা থৌনা লিংজেল
নঙনা খ্বাংচেৎ মচি লাং
খাবৈ চেগপত পাম্লোইনবম্বী খৃৎতুদা
লংলবা মৈবা পাযতুনা
নচাসিংব তু দা থম
খোঙফম চেৎন লেপ্লতদা
থৈখিবনি অকনবা নোংলৈ কযা.
শোবখিদবনি,
নংগী ফিজিগী লন।
অহুবু ইমা
কনান নঙবু ঙসিদি চিবোলবীগ্রবা
নঙনা খজিক্কুং তুকথবিঙৈ
তমথীববা হুমলকপা নোংলৈনক্ত
থল্লাযনু পোন্থাগ্রে
নচা কযা কযানা,
চেম্থবকলে তংপ নাইদ্রবা
ঈগী ঈচেল
মখোয়গী নৌববা হকচাংদগী।
হাযযুনে,

মমা ওইবীগী ফিজিদ নৎতনা
চোংলুনি কনাগী ফিজিদব
অঙাঙবা ঈরিকসিংসে।

অতুবু,
নঙগী অঙৌবা চবৈনা
অঙাঙবা মচু ওনখিবদি
থক য়েংবা ঙমলোই নচাসিংনা
খ্বাংচেৎ শেৎকৎপিয়ু ইমা
মৈরা চমখৎপিয়ু ইমা।
৮ ডিসেম্বর ১৯৯১

## নত্রগা করি ?

মান্নরুবনরা
অঙাঙবা ঈগী মচু
মীনা মী ওইরক্লিবা ?
নত্রগা
চাথোকখিবনরা,
মতমসিগী মহীক্না
তপ্না-তপ্না
মীগা শাগা খেৎনহন্নবা
রাখল খন্নবা থোপ
নত্রগনা করি ?

৮ অগষ্ট, ১৯৯১

## ৱাকৎ

পাম্বৈ ওইরম্বা নঙনা
চৎকে নীংলবা
থাদোক্লমদ্রুনা ঐবু
শাহিং চাবশিংগী য়াকাবুংসিদা
মরু ফূক্না নৈহৎলম্মু
ৱাখল ঈরৈদ ঈৱাক্লদনবা,
চিংথোক্লম্মু মীৎকি পিস্সু
ঈনোৎ অমুক কারক্তনবা।
লৌথোকলম্মু থম্মোয়
চৈনা অমুক ফাওদনবা,
সিন্দোক্লম্মু শিংলিদগী ঈ
ঈথেঙ থকপা ঙম্নবা
নত্ত্রবদি,
করম হিংহৌনি নঙগীদমক।

২৭ অগষ্ট, ১৯৯১

## মঙুম

যোমসিন্দুনা থম্নুই চেৎনা
হুংদা তপ্না মশা পাল্লকলিবা
কুবাক ওল্লল্লিবা মাবু,
হুনিং শুবল্লবদা নোংমা
লীংথোবকই লোইবোইনা
কুযোমহুবু চীকখাযবল্লগা
মসা খিঙনা পাইথোকখি।
পুমহাঙ হাঙহৌববা মঙুমহুনা
পাম্বৈ লৈতনা য়েংহৌই
মনীং তমগ্রবা মাবু।

৪ জুন, ১৯৯২

## অতিথি

লৈগ্রবনি মরোল নাইনা
অমগী মথংদা অমা,
থুংলখিবনি ইনাক্তা
পামজদ্রবা অতিথিগুম্নবা নখোয় ।
ঙমজদ্রবস্মু পেলহনবা নখোয়বু
লৈযু লেঙদনা
থস্মোয়গী থ্রপলবা কাচিন অমদা
তূস্মু, তুমিন্ন তূস্মু
তাহনা ঐগী
স্নংহীক্নরবা নাউশুম ঈশৈ ।

১৭ ফেব্রুৱারী, ১৯৯২

## নঙগী নৎত্রবরা ?

শীংথাবদা লোইনাইদবী
থৌনানি নঙগী ইমা।
অদুবু
মাঙহনবীগ্রবদা লৈজরম্বা থৌনা ঙম্না
মেনশিনবীগ্রবদা ইচীনসি চেৎনা,
পুনশিনবীগ্রবদা ইখোঙ-ইখূৎ পূম্বা
চিংনরকলে অহোইননা
শাফু য়াওদনা চেল্লিবা
ঈগী ঈচেলসিফাও
ইমা। নঙগী নত্রবরা ?

৯ এপ্রিল, ১৯৯২

# য়াওন

নাবক মোংশোঙনি খন্না
হুন্দোকপিবন্নবা
মল্লবা নোংখাং চাববা
মচেৎ ময়া কীন্থববা
ফুবাসিংনি উয়গা ঐনা
খমোম শোরুক নংনাংজবিনা
নুংশিজবিনা পাম্মুজবিবা।
খোৌশ ,বীন্দ্রনস্থু
মতমগী য়াওলদা ইবাক্তথবা মগে য়ন
শেমখিগনি ঐদি
শাখিগনি শোয়দনা
শক্ত মসিনক্তদা
অনৌবা য়াওলগী
মশক মচু হাপ্পুনা।

৯ এপ্রিল, ১৯৯২

## নঙগী থোঙ্গালদা

পুন্সিগী লৈজবম্বা
মাংশক মঙাল পুম্বা
অমত্তু থাকলমদনা
লমখীবা নোংলৈ নুংশিৎনা
মক ফুরা। নৈহৎপিগ্রবা
পাম্বে লৈরবা নঙগী পুন্সিগীদমক,
যেন্নিংথাবু ফিগাও থম্না হাপ্লগা
আশাগী ফিকক থুমহুনা
কংলবা উনাতনা কুপশিনখ্রবা
খ্রবা লম্বীবু গোঙনেৎননা
লাক্কনি ঐ
লেপ্লনি নোংমা
তেক কায়ববা
নঙগী থোঙ্গালদা

২৭ মে, ১৯৯২

## পাম্বৈ লৈতবা

অচীকপঙ্গী কল্লবা কুয়োমন্নুংদা
পাইবিবা অহিঙগী কালি মবক্ত
ফমলি কৈথেল লাইবেম্বী,
খদাঙনা খুঊনিদা শৌ
মখূৎ অনীনা পবৈননা।
ফাজোইনবি শমলাংস্থ লেংপাক যৈনা
মনাক্তা লৈবি
শোইনাইববা মুঙগী মুর্ত্তি অমা
হায়বকই মুর্ত্তিত্তনা ম্নুংহিক্লনা
লেঙ-ওৎত ফমলিবী মঙোন্দা
ইমা,
নমতুনা থুদেকপিগ্রে খোঙ-খুৎ
কোংথোকপিগ্রে মীংসিস্থ নমথীনা
ককথ্রগনি নোংমদি শোযদনা
নঙোন্দা খবদং তমজনবা
পাম্বৈ ওইবিবা ঈবৈসি,

লৈরোন চন্দ্রবা থাজবা ২০

হায়বীযু ইমা পান্থে অমত্তং
লৌনমচাউবা লমলানবা মখোয়বু মাযোক যানবা
নত্রবদি করম শিংবা ঙমগনি
নঙগী খোমলাং লমন?
খুমদে কৈথেল লাইরেম্বী
ফমলি হান্নগুম মচী লেঙদনা।
অত্তুবু মিববা খোঞ্জেল অমনা
অচীকপগী কল্লবা কুযোমবু শেগাযত্নুনা
যৌবকই নুংগী মর্তিত্নুগী নাকোঙদা
শন্দ্রেম্বী ইমাদি খ্বাং যৌবে
শন্দ্রেম্বী ইমাদি ঙক যৌবে।
১৩ ফেব্রুরাবী, ১৯৯৩

# ব্লাকৎ নত্তে ইমা

নঙগী মল্লবা চৈরে
পিতনা পুমচোৎ চোৎলে
নঙগী পুনশিন্দ্রবা শমলাংশিং
মায়কৈ খঙদনা ককঙাওনরে
হায়বীয়ু ইমা
ব্লাকৎলিবরা নত্রগা ব্লারৌরিবরা ;
চাউখৎপগী মৈরিদা
মসানা মসাবু ঊং ওলহন্নবা থৌরাঙজরিবা
ময়াই কারবা নচাশিংসিদা
নঙবু অমুক্তং মুংশিনা তৌবীনবা।
করিবু কান্নখিনি
ব্লাকৎপা নত্রগা ব্লারৌবগী
হীংচা য়াইতম্বগী শাজৎ নৎতনা
অতৈ লীচৎ অমতস্থু পক্রবা মখোয়নি ।
মখোয়না হৈ,
নঙবু ইচ্ছৎ মাঙহনবতমক

লৈরোন চনগ্রবা থাজবা ২২

কনবদি ঙমদে নঙগী ইজ্জৎপু।
অদুনা তাবীররোই
নঙগী মীকপ, নঙগী তেংথা।
নপুক্তগী তাজবা মখোযনা
কয়া কুইববনো নঙবু
মমল লৌতুনা য়োম্হোক্লগা
অকাউবগী পল্লোন নাইরবা কৈশুমশঙদা
নমশীন্দুনা থম্বীরকলিবা
অদুবু ইমা,
নঙবু ন্নুংশিনা নীংজবা নচা
ইবৈমক লৈখিদবদি নৎতে,
নীংশী লমগনি অদুঙৈ
নঙগী নীংতম্বগা
মখোযগী চোইববা কোকলেনশিংগা
শিন্নদুনা চৎখিবা নচাশিংদো।
ঙসিস্সু লৈতবা নৎতে
অদুগুম্বা মথৌনা ফবা নচা খবদি,
অদুবু চাউখৎপগী কোমায় উপলিবা নচাশিংসিগী
ন্নুংশি খঙদ্রবা মখোঙনা
খোঙনেৎফমতা ওইবদা
শিথবকলে, পুমথরকলে
হিংলি হাযবতমক ঙায়বে মখোয়গী থব্লায়।
য়েংবীযু ইমা নঙগী থৌজালগী মীৎয়েংতু
পাম্বৈ লৈজদ্রবা নচা খবসিদা,

থোংলবী নখুৎনা মুংশিনা নানবীদুনা
পীবীযু থোনা
উফুল্লক্তগী অমুক্তং হৌগৎচবা ঙম্নবা
চেল্লিবনি মখোযগী শিংলিদদি
ইমা নঙবু নীংজবগী মুংশিজবগী ঈচেল
ঙসিস্ত লেপ্তুনা।

৩১ জুলাই, ১৯৯২

## চাংয়েংশিংগীদমক

শদোং পামলকপা মীৎকুপতনি
ওক্কবীগী শক্তম লাংহনখিবা।
সতীগী গুনস্তু চেলহল্লি
যুম পুবীগী মীংথোল পীদুনা।
থৌনা ফবীস্তু ওইহল্লি
রাংন থাংগৎনিংবা মীৎকুপত।
ঙাকপী হৈবীনি হায়বী
মায়থীরবা মতমদা।
অদুগা অমুকস্তু উই শা ওইনা
পামলকতবা, তুকৎচবকপদনা।

ইমানি, ইচানি, ইচলনি,
ইচেনি, ইতুনি, মরুপনি
অদুগা ওক্কবীনি।
য়েংঙু য়েংবনা নথৌনি নখোয়গীদি
লাইফদিবীনি লূ-তোংনা শাবা

হংগী লাইনি লোন থোকপা
অহিংবা শক্তমনি থম্মোয় পালহল্লবা
লেপলিবনি ফম্বাকসিদা
স্থপ্নগী নথোয়গী চাংয়েংশিংগীদমক ।
১৯ এপ্রিল. ১৯৯২

লৈয়োন চনথবা থাজবা ২৬

## কুরাংপান

নুপীগী শক্তম ঙাক্কদবনি,
নুপীগী ইজ্জৎ কনগদবনি,
নুপীবু ইকাযথুম্নগদবনি,
নুপীবু য়াংনা থাংগৎকদবনি,
নুপীবু যোকখৎপীগদবনি,
নুপীগী অধিকাব পীগদবনি।
লাউখি নুপীনা,
তানখি,
থুন্নাইসিদগী মশাগী হক
অহুগা মথম্মোয়দনা
তৈশিল্লি পেন্না
ইচু তাদ্রবা থৌনাগী মচু
হাযজবতনি,
লাউজবতনি,
থোকলকত্রি ঙসিসু
লৈবি আ অমম্বা লোকন্নুংদা

নংত্রবদি

করিগীনো ঙসি.

নুপীন নুপীবু য়েংথিবিবা ?

নুপীন নুপীবু তুহৎনিংলিবা ?

নুপীন নুপীবু চিংথনিংলিবা ?

ন্ুপীন ন্ুপীগী মফম পীনিংদ্রিবা ?

কবিনো

কল্লক য়েংথিববু

অস্নুক খুৎপায় চেৎনা পাযবিবা ?

চিবোলবু অস্নুক খোযদাবিবা ?

চীনবানথোংগী খোল্লাউ নংত্রনা

ইশান ইশাবু যাজববা

থৌনা ফবীনি হাযনা ?

পুকচেল চাউবীনি হাযনা ?

ইশান ইশাবু শক তাকলববা

ইতিহাসকী লমাযদা যাওখিবী

চনূবাশিংত্রগী ঈথাং-পুথাংনি হাযনা ?

১২ ডিসেম্বর, ১৯৯২

# সহরদা

ন্নুংথিলদা
অঙানবদা
শা পুম্নমক্কী অথোইবা
শা মকোকশিংহুনা
চৎলি
ইতুক তুকথরহুনা ।
শীনবা থুংই
সহরগী পাল্লবা উমং ।

মখোয় মশেল
ন্নুংশিনৈ
চাননৈ
পাউতাক পীনৈ
অমত্তা ওই ।

অহিঙদা

অমম্বদনা

অফং অফংবা শেৎতুনা চানৈ

মথোয় মশেন,

ঈ চুপনৈ

মবৈ শাংনা শাংনা তিংথোক্তুনা ।

২৫ মে, ১৯৯৩

# অহোবা

ইংখোলনি
পুমশং শংঙি
হুবানবা চংলকই
মপূনা উই
মচাশিংমু উই
থৌশানদে
হকাম চল্লি
লৈবাক্কী খন্নে
নিশাদা তাউই
ফিজেৎতা ঙাওই
মবিং মবাংঙি
ওইজবা ফংঙি
তুমিন্না লৈ।
হুরানবা,
হৈশিংনা য়েংডি
মতৌশিংডু খঙিঙ

থোৌনা ফৈ
ইনশিন্দুনা পওথহল্ল
খুদোংচাবা লৌই
চাকলুক চিংশিল্লি
মনাউশিংবু কৌশিল্লি
নারোন্দা থৈদোকই
মখে লাংঙি
কাং-খোং চাই
তুমিন্না চংখি
পুমঙাঙ ঙাঙহৌই।
৩ জুন, ১৯৯৩

# শংবান্নবা শান্নবুং

শংবান্নবা শান্নবুংসিগী
লৈহাওদা চাউরকপা
শান্নবোয়নি ঐ
অতুগা নঙনা নৌনা থুংলবা
নপাঙ্গল ফবা নঙনা
ঙস্মি মতাগুম
মায়পাকপগী পজেং ফিবাল থেৎ থেৎতুনা
মশান্না পুন্না ইফমদগী
মুন্দুনা লৌগ্রবস্থু
ৱাকৎখিদবনি ঐদি নোংমতা নঙোন্দা
অতিথিনি খন্দুনা নঙবু ।
ঐনা তুমিন্না লৈবগী
খুদোংচাবা লৌদুনা নঙনা
ঐগী নীংতম্ববু
বল ওম্হোক্লগা
কাও-কাওদুনা শান্নরকপদগীনি

ঐগী পুক্লিংনা
নোংমৈ মৱ্ব ওল্লকলিবা।
হৌজিক্তি ঐস্সু শান্নরগনি
নঙবু নমত্তুনা
লৈগী দোলাইদা তোংহনবগী মশান্না,
মরমদি
ঐগী মায়পাকপনা
শংবান্নবা মাগীস্সু মায়পাকপনি
মায়পাকপতনা নীংতম্ববু মোমোন নোকহনগনি।
করিগুম্বা
মায়থীবগী পি মরীক অমতং তাররক্লবা নীংতম্বনা,
ইসাগী অঙাঙবা ঈরিক পুম্বা
হৈদোকলম্লগা শংবান্নবা শান্নবুংসিদা
চৎখিনি ঐ
হল্লকপা নাইররোইদবা লম্বী অমদা।

২৯ মে, ১৯৯৩

## নঙ অমদি ঐ

নঙনা ঐগী ইখোঙ ইথুৎ
কক কক্তুনা থাদবা হৌবকপদগীনি
অকবা অপানবা লুপাগী চীংজাওসিনা
অশাওবগী হুমাং লেপ্তুনা শীন্থবকলিবা।
ভৗবীনন শঙদবা নঙোন্দা
ঐনা পীখিদবা কবিবু লৈবগে?
নঙনা মমল কয়া পীতুনম্ল
ফংলোইদবা মমল নাইদবা কয়া
পীখিবনি ঐনদি
হবাও হবাও নঙোন্দা।
নখুৎ চল্লবা
মমল নাইদবা কয়াতুননি
ইশাইকোনসিদা নঙনা
হাইনা হুম্না পানজবা ঙমলিবা।
কবি কান্নে
নঙবু যোকলিবা ঐঙোন্দা

হনজিন হনজিন লান্দাবগা ?
ঐ খণ্ডই
শকলোন পুবা নঙগী লীচৎ
লাউরি হৌজিকস্থু
হুগী নোংলৈ পুবা নচীন্দুনদি
ঐবু য়োকখৎনবা
ঐবু ঙাকনবা
কনাদনো চীবোল তৌবিবা ?
চাউখৎপগী মিংদা
ধর্ম্মগী মিংদা
নীংতম্বগী মিংদা
ঐবু মীবায়বগা নঙনা
কবিবু তানসিল্লিবা
নঙগী চাবোন স্থবোনগী ?
খঙঙু ঐনা লোইবদা
নঙগী ইতিহাসস্থ অবোইবনি,
অহিংবগী রাবীত্থ
অবোইবনা য়োংখিদ্রিঙৈ
অমুক্তং খন্থৌ
অহুগা পীযু ঐঙোন্দা নঙগী স্থুংশিবা
পীগে ঐস্থ মমল নাইদবা কয়া
নঙগী চাবোন স্থবোন্দফাও।
২৭ মে, ১৯৯৩

## অসুম্না ৱাঙ্গোলশঙসিদা

পাকলকখি ঐ
ওইদ পাদবগী মিরাং থুরবা
মোংলবা, চাউরবা ৱাঙ্গোলশঙসিদা।
থম্মোয়দা অফ-ফত্তগী
ময়োল হেক চোংলকউঙেদগী
খল্লকখি,
মিরাংশিংসে কম্থদুনা
শঙসে অমূক্তুং তরু তরুহনগে।
অদুনা
চংপা হৌরকই
ৱাঙ্গোলশঙসিগী মচী খুদিং
ঈপাং খরদং ফংনবা।
লৈরম্মী মখোয় কয়া
মমীং পাঙনা-পাঙনা তূমবা.
খঙদে কয়াম কুইরবা
অসুম্না নাখোক্তুনা তূমলিবা ?

অমুক্তং হৌদোককে খন
মসা নোমলুই।
কয়াদা তাযোন্নববা
মখোযগী মসাদা শোক্লুবা খুদিংগী
ঐগী হৈনিংবা অমদি অপাম্বনা
ঐঙোন্দগী তপ্না তপ্না লাপথোকখ্রে।
পুংপঙ পঙথবগী ফিজংনা
যোমশিল্লকই চেৎনা ঐবু,
খঙলে
হৌজিক্তি ঐস্সু শোযদনা ভূমথবগনি
মখোযগুম্না লৈমাযসিদা
মীৎ পাঙনা পাঙনা।
১৪ জুন .৯৯১

# মহোশা

নঙনা হৌদোকখিবা নত্তে
ঐনা মীকপ থোকচখিবস্থু নত্তে,
নঙনা পীখিবা নত্তে
ঐনা লৌখিবস্থু নত্তে।
খঙদে
করম্না য়োৎরকখিবা ইনাক্তা
করম্না অস্থুক চেৎনা মরা তাখিবা?
ঐ ঙকই,
খঙদবা মানা ওইহল্লি ঐবু বন্দি
অয়ুক
নুংথিল
মুমিদাং
বন্দিগী শঙলেন্নুংসিদা
রাহংসিমদি অস্থুম হংখিনি
করম্না অস্থুক চেৎনা মরা তাখিবা?
১৪ জুন, ১৯৯১

## জাতিগী য়ুম্বী ?

ইচান্নুপী,
ইরমদমগী ফিজেৎ তুংওইনৈ ।
বিয়ুটি পার্লর
সিনেমা হোল
অচীকপা কেবিন
অহাঙবা লমহাঙ
মখোয়গী লৈফমনি ।
ইচান্নুপা,
নোংচূপকি মুংশিংতা য়াওললি ;
রোক শোং
ব্লু ফিলম
য়ুঙাং য়ুঙৌ
সিরিঞ্জ
মখোয়গী পোত্থাফমনি ।

৩ মে, ১৯৯৩

# হুইথৌ অমদি তয়াল

হুইথৌশিংনা খুন্দারিবা
লমদমতুগী লৈমায়দা থাবৈ
তয়াল পাম্বী অমা
কোইজোম্বা পুকনোয়বা লমহুইতুনা
মানা রাইথুংলবগী
খুদোলপোৎনি হায়তুনা ।
তয়াল পাম্বী অতু মহে য়াল্লকই,
মতূম মতূম য়াম্থুনা পাল্লকপা
অঙাঙবা তয়ালশিংতু উবদা
মতিল চুমলকই হুইথৌশিং ।
মাগী মাগীতা ওইনিংবা
শরূক কননিংবগী রাখলনা
পুন্না হিংমিন্নরম্বগী রাখলবু
চেৎনা লৈরোন চনশিনলকই ।
মমীৎতা মৈবুল চুখৎনরকই
ময়াদা নোংথাঙ কুপ্পরকই

চোংশিন্নতুনা চীক্লবকই অমগা অমগা।
মখোযনা অমতা ওইবিঙৈ
নোংমতস্থু মঙক হাইগংপা ঙমখিদবা
মরেক থাংবা.
চীবোঙ উপ্পতু
মতৌতুদা হবাওনা চেন্থাবকই
কুঙলবা শী.উং শীংনাংগী
ফকলাং তোগাযতুনা।
অতুগা
অথোবা থাঙপাক হাইগংতুনা
কক্থবকই হুইথৌশিংতগী
মমৈ মনা
মথং মথং।

শ।ৈগে পুনবা ঈনা
পুন্না য।ত।িন্নবি
ফৈজুপ অংতগী মখাদা।
ঈহিং-নাইহিং শাববা মখোযদি
হেন্না হেন্না মযাই কানবকই
চীক্লবি লেপ্পুনা ওনশিন্নহুনা।

১৭ ম।চ, ১৯৯৩

# ইরৈসিদা

তাউথবকলি লেপতনা
ঈথক ইবৈগা ইবোযননা
থাগোম্নবহুনা কাওশিঙ মাবু
পাম্বৈনি খন অমম্বা লম্বীসিগী।
খাঙলি ওন্না থোইনা
অঙাঙবা মাগী শাথেক্লা
পীবকপা চৈথেং পুম্বা।
কল্লবা মাগী ইবেদা
ঈবাকনৈ ঈবোম্মুংদা কযাবক
অমুকস্লু কাযদোং ওই
মোং হাদনা মতমদা
মাগী ঈথক ইপোমনা।
অদুব,
ওইবিবা মীংকুপসিগী অর্থফাও খঙদনা
ককঙাঙনববা ঐনা
হংলি তংতনা

থংনবা মীংকুপকিদমক
পম্থুংনা কদায়দা খঙব্রবা
মনীং তম্নবা ঈচেলসিদা
মথংদনা করি ?
মথংহুদনা করি ?

২২ এপ্রিল, ১৯৯২

## মতম ওইরে

পোক্লকপদগী লোয়নবক্লবা
মৈগী কবচ কুন্দলচুবু
নখূৎমক্লা লৌথোকচবগা নঙনা
ইনশিনজখি তই৲ তই৲বা ইন্নফি।

হোংলবদা নশক নতৌ নঙগী
শোগৎলবখি চেঙগুমগুম
কাযাৎ শুদ্রবা
শকওই কযা কযা
নঙগী হকচাংগী মফম খুদি৲ শীনবা থু৲না
মশী৲ থীঙমদ্রবা
অমম অঙান অনীগী খোঙচৎ
মবোল মবোল লোনশিন্নখ্রবা
চহীগী লৈযি
মখোয় শোগৎলকপা লেপখিদে।
মখে যনা খল্লি

মমীৎতা উবা খুদিং শান্নপোৎনি,
অতুনা তেমশীংলকই
শান্ননীংবা মণ্ডংদা শান্ননবা
নঙগী চান্নজবা গ্রহ উপগ্রহশিংবু।
হোৎনবকই ফিশেৎতবী ওইহন্নবা
নঙগী নমোম মহৌশাবু
অতুগা নহাকপুনা
শোযদনা মৈ চুবগদবা
মখূৎতা মৈবা পাযববা কনাগী
মমাঙদা পাম্বৈ লৈংনা লেপ্লবা
চক্নগী খাংপোক।
মতম ওইবে
হন্না উপশিনবা
নঙগী মৈগী কবচ কুন্দল।

১৫ মে, ১৯৯৩

## পুন্সি

লম্বীসিদা
খোঙচৎসিদা
পামজবা পম্থুং অমগী
লাকখি,
থাজবগী ন.ম্বা পোবদ্রনা।
ওইনিংখি কবিগুম্বদা
উচেক
নীংতম্না অহাঙবা নে ংমাদোলগা
শী নববা ঙম্বা।
কবিগুম্বদনা
ণুংশিং
মানোমগা মচা খুদিং যৌবা ঙম্বা।
কবি কবিগুম্বদনা
নোংথাং
পুন্নমকপু মমীং থকহনবা ঙম্বা।
নত্রগনা,

মীত্রং হৈবা
অচেনবা মতমবু ফাজিন্দুনা
খূবামনুংদা চেৎনা থম্বা ঙম্বা

ঙসিদি
লম্মীসিদা
খোঙচৎসিদা
থাউ থাক্রুবা
তম্থবা গাডিগী কাংখোঙ
অৱাংবা চীংদোন কযানা
লমথুংফম থৎশ্রবা
খোঙতেকপগী চীংদোন তম্বা মীংয় .
ও । লৈবমগদ্রা চীংলোন কযাশিগী ব মদা
ঐগী পামজবা পন্থুংতুস্ত্র ?
অহুনু
লম জা যাঙবা মতম
মাগী বল্লবা মপাম বোমনা চিংনদা
নীংখাযবকলে
মচেৎ মচেৎ
ঐগী থাজবগী নম্বো ।

হৌজিক,
ইনাও। নক্লা লেপ্রশ্বা মুমিৎস্থ
লাপথোকপ্রে অস্থুম অস্থুম

ঙংল-ঙুংলহুনা
য়াচঙবগী ঈশৈ ।

অপাম্বা অমদি থাজবগী
পোৎলুম অমতা য়াওদ্রবা পুকনিংনা
পুবা হৌরকই ঐবু
থুজেং পাল্লোইনহুনা,
ইনাক্কুগী চৎপ্রবা
মুমীৎ মানা য়াবেক্লমগদবা লৈবাক্কুদা

৯ মার্চ, ১৯৯৩

# ৱাহং

পাউখুম মাঙখ্রবা ৱাহংঙনা
পলোন নাইনা খাজিনখ্রবা
মমলনা কৈশুমসঙসিদা
বন্দি ওইববা পুন্সিসিবু
পুনসিনবদি অমুক হন্না
কল্লবা যোংহিল্লিংনা,
উংকে তেমশীংব্রা
নডসে ৱাযেন চুম্বনি হাযনা ?
১৭ অগষ্ট, ১৯৯২

## উনগী মী

নিংথমগী অহিঙদা
মৃৎশিববা পোদোনগী মৈঙালদা
পিঙনা ফমজিল্লবা উননা
শাজখিবনি থল্লায়মক হাপতুনা
পামজবা শক্তমদা
উনগী মী।
লমশাঙ চৎপদা
পুম্নচোক চোকথববা হকচাং
নোংলৈ কয়ানা নৈহৎপদা
কেমলবা থম্মোয়
পেনজৈ মীৎকুপ অমতং
শুপ্নতগী মীৎকুপ অমতং।
অত্থবু কয়াদা হ্নংশি হৈখিদ্রবা
থরায় পানবা পুম্নমকপু
শ্রো-শ্রো চিংত্থনতা চৎলিবা
লেপ্পাইদবা মানা

মখোঙ লাওনা কান্দুনা চৎপ্রগা
হাইদোকলুই ফিজং অমম্বগী ।
হেক হাইদোকখিবগা
অমম্বগী ফিজং
চোংথোরকই অঙানবনা
মখূৎতা চাউরবা লীরুং তেন পায়রহুনা,
অত্নগা য়েংলকই
ঙাঙশঙ ঙাঙলবা মমীৎ অনি শুক্তোক্লুনা
উনগী মীগী মশাদা ।

খঙহৌদনা পান্দমলকখি
থৌরবা তেনজৈনা
তনিক তনিক লেপলিবা মঙোন্দা,
কাপসিল্লকখি
মৈগী তেনজৈ কয়া
মথং মথং ।
থৌরবা তেনজৈ কয়ানা
তুখোঙ য়েনা পাল্লবদা
চেম্থরকই থকনাইদ্রবা ঈরিকশিং
পাম্বে লৈত্রবা মাগী হকচাংদগী ।
ঈরিকশিংতুনা
ঈচেল নাইনা চেম্থরকই
ইরোল ইরাং তাক্লবী ইথক্তা ।
১৬ মার্চ, ১৯৯৩

# লৈরোন চনথ্রবা থাজবা

ঐ মমানি
ফিমন শেংপী মমা
মপাঙ্গল মথৌনা ফববা
ইচা লীশিং লীশিংগী।
লৈ ঐগীস্ত রাংতনা
ফজরবা নীংথিরবা চবৈ কয়া
ইথুৎমক্লা শাজবা,
অত্তবু হোংবদি ঙমদ্রে
অনৌবা অমতস্ম
মরমদি,
লুংশিরবা ইচা কয়াগী
থৌশাবীদবগী কল্লবা য়োংহ্লিংনা
ইথুৎ অনীমক চেৎনা পুনশিনবিববী
বন্দিনি ঐ।
অঙকপনি,
ইবুক্তগী তাজবা মখোয়না

ঐগী হাঙলিবা ইতিহাসকি লমায়শিংবু
মথং মথং ফাকৃকৎতুনা
ইসিল্লকলি
তুকৎচরবা, হঙ্গোইরবা
রারী কয়া লোইবা নাইদনা।
মখোয়না শিনবিবগী মহুৎ
ঐগী মল্লবা চরৈসিবু
হেন্না হেন্না তৈসিল্লকলি
ইহিং নাইহিং মরোল মবোল।
চেৎনা পুল্লিবা খূৎসিবুসু
থোকপিবগী মহুৎ
হেন্নতুম পুনসিনলকলি
নমথাক লৌনমগী
মচীন থোরবা তিংখংগী থৌবী কয়ানা
মবৈ-মবৈ।
অসুম্না হনজিন হনজিন
চৈথেং পীববা তুং
লাউবকই মচীনশিংতুনা
ঐগী ইমাদি লাইববী নংতে
ঐগী ইমাদি থৌনা ফবীনি
কয়াদা তুকৎচপ্রবা
কয়াদা লৈখা তাপ্রবা।
অতুনা
থিরকপনি ঐনা লেপতনা

য়াম্লবা চহিংগী চেকলোম্না
মরোল মরোল খাজিনগ্রবা
লায়না চেল্লবা কাসিদা
য়াওরিব্রা হায়হ্রনা
ঐবু শেংনা খঙবীবা
ইচা অমতং।
চোকথরবা মীৎফম্না
নৌরিবা লৈয়োনগুম্বা নঙবু
খঙহৌদনা উখি ।
ইমানদা মান্নববা ময়ামসিগী মন্নুংদা
খেন্নবতনা ফিজোল ওইহ্রনা লৈরম্মী নঙনা,
নঙগী পিতনা থুমহৎলবা নমীৎ অনীদা
হৌগৎলকলিবা মৈফম্না
তমলকখি ঐগী চেৎনা পুল্লিবা ইখুৎসিদা
অমদি মল্লবা ফিজোলসিদা।
নঙগী নুং ফুক্না য়াওল্লকপা
ইমা হায়বা মীকোনা
ঐগী মৈচাক পুম্বগা শকখঙনখি।
কয়াদা তশেং তশেংগ্রবা,
কয়াদা থোৎ নৌগ্রবা,
লৈরোন চনগ্রবা থাজবা
হন্দোকলুবনি নৌনা অমুক
নঙোন্দা শিন্নরগে থন্না।
অহুবু,

লৈরমলে নঙস্থ
নখোঙ নখূৎ চেৎনা পুন্দুনা
শোয়দনা মৈ চুশ্রগদবা
মংফম অমগী শীংথক্রা।

১৪ জুন, ১৯৯১

এম, এল এসনা ফোঙদোকখ্রবসিং

১। অওনবা ( রারীমচা ) ১৯৮৮ — বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

২। মীৎকপ থোকলকপদা মঙলাক্নবা ( রারীমচা ) ১৯৮৯
— লনচেনবা মীতৈ

৩। য়েংলু য়েংলুবদা ( শৈরেং ) ১৯৯১ — লনচেনবা মীতৈ

৪। সিবু হৌনরিত্রা ইমা ( শৈরেং ) ১৯৯১
— বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

৫। নোংমাইজিংগী চীংদোন্দা ( শৈরেং ) ১৯৯১
— কুঞ্জরানী লোংজম চনু

৬। মাম্নদবা মীৎয়েং ( অপীকপা রারীমচা ) ১৯৯১
— লনচেনবা মীতৈ